**Sanagee Keiraak**
*(a collection of Manipuri Poems)*
*by* **N. Sri Biren**
Published in the year 2001

© লাইবিক মপূমগী ওইনা অমসুং
অচোইবা শৈরেংগী ওইনা কবি মশাগীনি

অহানবা ফোঙবা খৃষ্টকুম ২০০১

ফোঙবা : শ্রীমতী নোংথোম্বম নিংঙোল তৌবাংবম ওংবী বাসো দেবী
উরিপোক তৌবাংবম লৈকাই ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১

মখুম যেকপা : শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ
খাগেম পল্লি ইম্ফাল

নম্ফম পদ্মা প্রিন্টর্স (কমপ্যুটরাইজ) পাউনা বাজার ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১

লাইবিক অসিগী খুৎনম অসিদা যাওরিবা শৈরেংশিং অসি লনাই নৈনবগী থিডিন ছর্মাজিনবগী আলোচনাগী থবক্তা শিজিন্নবথক নত্তনা অইবগী নাওজৌনবা অযাবা যাওদনা লানাই কান্নবগীদমক শৈরেং মতেক নত্রগা মপূম অমত্তা লৌথোক্লুনা শিজিন্নবা যাদে অমসুং মসি নত্তবা মওং অমদা কোপিরাইট পাযরিবগী মথৎ ফংফম থোকপা ইমুংগী মীওইগী অযাবা যাওদনা তোঙান্না অমুক নমথোক্পা কোপি তৌদনা শম তৌনবা অতোপ্পদা পীখিবা যেন্থোকপা চাইথোকপা যাদে হায়না খঙহন্জনি।

ঐৰু পোকপী পলেম নুংশিবী,

তম্পাক দেবী

অমদি

ইপা ইবুংঙা

নোংথোম্বম মনিকচান্দ সিংহ

অনীগী খুযাখাদা

# য়াওফম

# তৌবিমল খঙবা উচ্চবা

ইহান হানবমক্তদা, শৈবেংশিং অসি ইবগা লাইবিক ওইনদি ফোঙদদুনা, তাদুনা লৈববু, অচৌবা শেলফম অমা পুথোকপিদুনা ছাপা নমদুনা লাইবিক ওইনা ফোঙবিবগীদমক, ঐগী হেক ইচে, শ্রীমতী নোংথোম্বম নিংঙোল তৌবাংবম ওংবী বাসো দেবী অমদি ইচেগী মচাশিংবু হাযনীংঙাই লৈতনা থাগৎচবি অমদি শিংবা ঙন্নবোইদবা লম্মন তোল্লে হাযজবি। মতম কুইনা নাবকপনা হকচাং শোনবা মবন্না, লাইবিক নম্বগা মবী লৈনবা তঙাইফদবা থবক কযা তৌগনি খল্লুবদা ঐগী পুক্নিংদা তশেংনা অকিবা পোকচখিবনি অদুবু মশাগী অচিনবা, অরাবা কযা লৈববসু ঐগীদমক মতম কাইথোকপিদুনা থরায যাওনা লাইবিকসিগী প্রুফ লৌবিবদা নত্তনা, গেটঅপনচিংবা মাযপুননা তৌবিখিবা, লাইবিক্কী মখুম যেন্নবা আর্টিষ্টকা উনবিদুনা অমদি অযেকপা মখুমগী লাই আর্টিষ্টতগী লৌশিনবিদুনা অমদি লাইবিক অসি ওইবক্নবা অতৈ মবী লৈনবা থবক পূম্বা তৌবিখিবা ঐগী নুংশিজনবা ইনাও, কবি শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ অমসুং শ্রীখূমলেম্বম ইবোমচা সিংহগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চবি। মখোয অনীগী মতেং নৎলমদ্রবদি লাইবিক অসি হৌজিক ওইবিবা মওং সিদা ফোঙবা ঙম্নমদবা যাই, অদুনা মখোয অনীগী লম্মন তোনশিঞ্জববনি। লাইবিকসিগী মখুম, চিঙ্গবা মতম কযা কাইথোকপিদুনা যেকপিখিবা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহদা তৌবিমল খঙবা উচ্চবি অমদি লম্মন তোনশিঞ্জবে হাযজবি। লাইবিক অসি নম্বগা মবী লৈনবা থবক থৌবম কযা থরায যাওনা হোৎনবিখিবগীদমক পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ) গী মীওইশিং, থোইদোক হেন্দোক্না প্রেসকী মেনেজববু থাগৎচবি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেংশিংসিদা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী চেফোঙ কযাদা ফোঙখ্রবা অমদি কবি সম্মেলন কযাদা পাথোকখ্রবা কযা যাওবি। শৈবেংশিং অসি লাইবিকসিদা অমুক হন্না ফোঙদোকপা যাহনবিবগীদমক মবী লৈনবা পূম্নমকপু থাগৎচবি।

**শ্রীবীরেন**

# লাইরিকসিগী ৱা

ফোঙজবিবা লাইরিক অসি ঐনা ইজবা শৈরেংগী মরিশুবা লাইরিকনি — চহী মাপন (৯) চঙনা ইজবনি। চহী যাম্না শাংনা ইশা নাবগী শোনবনা মরম ওইদুনা মশীং যাম্না ইনসু ঙমখিদে। ইবাকমক লাক্তুবদি নত্তে, লাকখি মতৎ মতৎ ওইনা মবক্ মবক্তা, মপূং ইফা ফাখিদে। লাকখিবা খবদুসু ঐনা শোনবনা লোকশিঞ্জবা ইঙম ঙমহৌদে। অনাবগী অৱাবা খাঙলিঁঙদা লাকখিবা খবদুসু ফাজিনবা ঙমহৌদনা ঐবু নাথিবম্লগা ঙম্লা চৎখি। হকচাংনা যাদ্রবদা কনাগী কল্পনা। ঐবু থাদোক্লুনা থাপ্পা চেনখি। ঐ নাইতোম তানা লৈখি। পূম্নমক তবক তবকই ঐঙোন্দা।

হৌজিক্তি ইশাগী লাইরিক ফোঙনীংবনা ঙাওবদমক্তি নত্রে। ঐগী মতম অমা লৈরম্মী। ইবগা ফোঙনীংবগা ফোঙনীংবনা যাম্না হেনবা। মঙদসু তাইবংদসু ফোঙবগী বাখলদা তৌবা। যাম্না নহা ওইরিঁঙদা তূম্বদা মঙদা ঐগী লাইরিক ফোঙলবনি হায়দুনা লাইরিক মশক হেকহেক উবম্মী। হৌজিক্তি মদুগী খৌবাংবদু লৈত্রে, ওপ্পা তপা নাঙংখ্র। ইবগা হাথু হাথু ফোঙবগী মত্তৎতা ইবগা পংথমদা থমজিল্লে। মসুমনা তৌবদা ঙেম্বাকপা ওঙকপা মওং অমা থেংনবে— ইবা হেক লোইবগা পাদুনা য়েংবদা চঙশিনবা খৌশিন্দ্রে যজদ্রে খন্দুনা থমজিনখিবা কয়া, মতম খবা লৈবগা অমুক পাকবদা খৌশিন্না ফোঙদোকপা ঙম্মা। ফজবা ওইবম্না অদুগা ইবদা ঙায়রিঁঙদদি মওংদে খনখিবা কয়ামনা মতম খবা লৈবগা য়েংঙুবদা ইফ যজবমদলা কয়া। মসিদগী খঙবা ঙমলবখি - কবিওম্না কলাগী পোৎথোক অমগী বিচারদা অমুক্তনা লোইবা যাদে হয়া হন্না য়েংবা তাই হন্না হন্না পাবা তাই। এহানবা য়েংবদা উহৌদবা কয়া চিখবা কয়া অনীবক শুনা য়েংবদা উলবপা থেংনবকপা যাই। কলাগী কেকু লোৎপীদু ফোঙবা যাই।

লাইরিক ওইনা ফোঙলনি হেক খল্লুবগা কিরমসু পোক্রবই। মরমদি ছাপা নমদুনা লাইরিক ওইনা অমুক্তংদু ফোঙত্রবদি লোইরে, লেঙদনা লৈখ্রগনি (মসিদা চেকোঙ অমদি খববদা ফোঙবগা খেন্নবসু লৈ)। অইবা ঐগী ইখা পোন্দুনা লৈরবোইদবনি মনাংওম্না মাগী ওইবা পুন্সি অমদা অদুম হিংখ্রগদৌরনি। নাখল অসিনা লাইরিক অসি ফোঙবগী মতম অসি য়েথোক য়েথোক্লুনা লাকই। অদুগীসু মথক্তা হন্দক্কী শৈরেংশিং অসি মওংগী মতাংদা চিংনবসু লৈ, কৃযেটিভিটিগী শকক যাম্না বাংপওম উই। শৈরেং ইনসু অসুম অসুম হৈজিনলক্তবওম্নসু তৌই। কুইব কুইবগা শৈরেং ৱাবিনো শৈরেংগী অশেংবা মহাও অসি কবিনা ওইগনি হায়বসু অসুম লুশিনলকপওম তৌবকই। ঐনা শৈরেংগী সাধনা তৌজবকপা

ঙসি ঙবাংতগী নত্তে, চহী ফনা যামশিনলক্রবনি, অদুবু চহীদমক যামশিনখি মগুণদি ইহেল হেনগৎতে।

মথক্তা তাউখৎলকপা সমাজগী মশক, বাজনীতিগী অমদি শেলথুমগী মশক্তা ইবা শৈবেংদা পেনবা ঙমলক্তবা অমসু যাম্না কন্না তৌবকই। পুন্সিগী মনুং হুঞ্জিন্না লৈখ্রবা থবাযগী লমদমদুদা কুমথদুনা ইবা অস্মাতত্বগী ওইবা শৈবেংগী অপাম্বা পোকলকই। অসিগুম্বা অস্মাতত্বগী ওইবা শৈবেংগী মহাওগী মমাঙদা মপাম্বোংগী ওইবা শৈবেংগী মহাওসিদি কবিসু ওইখিদ্রে, ইচম চমথোকখ্রে। অদুনা অস্মাতত্বগী ওইবা শৈবেং ইদুনা চাংযেং কযা তৌদুনা হোৎনৈ অদুবু মসিসু ওইবা ইযা যাদে। হাইজিনবা ইঙম ঙমদে, যৌশিনবা ইঙম ঙমদে। অদুগীসু মথক্তা মীওইবগী থবাযগা, সমাজগী বাজনীতিগী, শেলথুমগী খিভমগগী কবি মবী থোকৈ, মবী অমত্তা সুংলে নৈনদ্রা হাযবা বাহংনা ঐবু ইথা থাদোক্তে, হয়া হনা নৈদুনা লৈবি।

মীওইবগী মফমদা মনীংতম্না মপূংফাবা পুন্সি অমদা হিংনবগী হক লৈবগুম শৈবেংগীসু মনীংতম্না অমদি মপূংফানা হিংজনবগী হক চপচানা লৈযম্ম থোকই। অইবগা নতন চুপ্পা যাজিন পুনশিদুনা অসুম লৈযম্ম থোক্তে। অইবা ঐগা যাজিন পুনশিনলম্বা পুম্নমক থাদোক্তে। ঐগী শৈবেংনা, মপান নাইদবা অশংবা [illegible] উমাইবনি। মশা খাগনি [illegible]। খল্লুনা মনীংতম্বা পাইবতম অপানশিংগা মন্তে। মনীংতম্না পাইদুনা হিংন্দ ইমিং [illegible] নাইতে। নাওইবনা পোনপা নৌনিংদ [illegible] ওইবিদু পিবনিংঙলা [illegible] সন্দ চাউবগা নপু নাইবাবনবা [illegible] সবদ ওইবন [illegible] মশা মখোয় [illegible] দাযিত্ব পুম্বা মশাদা থাজিংতবা [illegible] শৈবেংগীসু [illegible] শৈবেং মশাগী ওইবা মনীংতম্বা পাসি অমনা হিংদনা লোইশাই পাইদুনা লৈখিগনি [illegible] যাজিন পুনশিদুনা হঙ্গা নানবোই অমশুং ওইদনসি লাইবিল ওইবা খোংখ্রবা মতমদসু অইবগা ইবিবা পোংতগী মবী অসি পুনশংতনবদি নাইবতম উইবন্নি হাইবা ওওবগী হুইন পিবক মতম ইকবিবা পোংতু মনীংতম্না অপান শিংগী মবত্তা লৈবগী নানা মীশা লাংলবা মতমদদি অইবদ বনাংনা হাবনা থিনক্তই। অদুম ওইনমক মুন খল্লবদি কলাগী পোংথোকতুগী মশাগী ওইবা অশংবা মনীংতম্বদুমক্তি মাঙখিবদি নাতে। শৈবেংগী বাগোলশঙদা ইবিবা কবি মশানা। বিচারপতি ওইগদবা নাতে শৈবেং মশানা মশাগী উকিল ওইজগদবনি। অযৌবা কলানি মীবা মীশা হনা লাংলবসু মশাগী মনীংতম্বদ ডাক্তুনা খোঙযাম চেংনা লেপ্পুনা মতম পুম্নদা লৈ। ঐদি অসম্না হাইজ্রে।

ওক্টোবর, ২০০০ — নোংথোম্বম শ্রীবীরেন

ইম্ফাল — উবিপোং অপাম লৈবাই

# ইবেল অমসুং য়াহং

চহী যাম্না কুইববগী তুংসিদা
ঙসিদা
য়াহংসি হংলি, ইবেল নঙোন্দা,
কবিগীনো ইবেল নঙনা
নুমিদাংবাইগী কালদুদা
শুমাং মতোন্দা
ফৌবু শুদুনা লৈবম্বদগী
লাইগী লৈফম লাইবৈবাক্কা শম্নবা
তাইবংপানসিদগী
শুক্কী মতোন্দুনা নঙগী
অতিযাবু অসুম থিনগৎখিবা?

নুমিৎতুদগী
কবি ওইখি মীওইবা?
লৈই অমা চিংখিব্রা
মীওইবগী ইতিহাসতা?
নুমিৎতুদগী
মঙাল অমা মাঙখিব্রা
মীওইবগী থম্মোযনুংদা
ইহাঙ হাঙখিব্রা,
খঙহৌব্রা ইবেল নঙ?
মতমদুদগী লাইবৈবাক্কী লাইযাম্না
মীওইববু থাদোক্তুনা

অসুম অসুম ৱাংনা কাখৎখিব্রা?
অসুম অসুম থাপতোকখিব্রা?
অসুম অসুম ৱাংখৎখিব্রা?
যাম্না কুইববনি
অদুবু অতিযানা ৱাংখৎখিবসিদি
অসুম লাপথোকখিবসিদি
ঙসি ফাওবা লেপত্রিদো।
মতমদুদা হাঙখিবা মীওইবগী থম্মোযদি
অসুম হাঙদুনা লৈহৌবে,
হেন্না হেন্নদুম হাঙলক্লি।
হাঙলকপগী লেপ্পা নাইদ্রি
হাঙলকপগী লোইবা নাইদ্রি।

ঐগী নৌববা অঙৌবা লৈগী লৈযোনসে
ঙাইজবি তনিক তনিক
থম্মোযনুংদা ওনশিন্দুনা
ইশাদা ইশা হঞ্জিনজদুনা।

হাঙলবা কংলবা থম্মোযনুংসিদা
হুল্লিবা মন্ধ অসিবু
মতোন চোংবা ঙম্মকখিগদ্রা?
কংলবা লৈঙোইগী লমপাক্তুদা
হৌহৌবিবা লৈ অদুবু
লৈশাং তমদুনা ফুগাযনা শাৎলখিগদ্রা?
খুম্মু, ইবেল নঙ,
অমুক্তা খুম্মু ৱাহংসি।

*// জুন ৪ ১৯৮৯ ইং //*

# অথীবা, অমোৎপা অমসুং অঙৌবা লৈ

ঙসিদি অথীবা অমোৎপগী যুগনি,
অথীবা অমোৎপবু
ফজবা, অৰুবা, অহেনবনি
হাযনা লৌনবক্লবা মতমনি।
ফত্তববু অফবনি নীংনবক্লবা
অবানবনা মাযখুম উপলক্লবা
নমথীবনা মনম নুংশিবোই খন্নবক্লবা,
অশেংবা মশক অমত্তসু
মযেক শেংনা উনবক্ত্রবা,
মবক অসিদা
অওইববু থিদুনা
অশেংববু কোঞ্জদুনা
লৈকোলসিগী কাচিন
মচী অসিদা
শাৎলকলিনে অঙৌবা লৈ অমখত্তি
থোৎ-নৌববী
মতম্না মতম ওইবকপদগী হৌনা।
অঙৌবা লৈ অসিদসু
যৈদি যৈখিবনি
অশাবা মৈশানা অযাকপা মতমসিগী।
অদুবু শিদি শিদ্রি
পীক্লবী থোৎচববী অঙৌবা লৈ অসি
পূংমূৎ মূৎথ্রো যাদে

শিজখ্রো যাদে,
ফেৎ ফেৎ হাইবদুনা
থক থক নীক্লা
পীশক পীক্লা তাশিন্দুনা
খাঙলক্লি লৈনা-লাক্লা
মতম পূম্বদা
মীওইবগী থম্মোযনুংদা
কবিগুম্বা অমত্তনা হাৎতোকপা ঙমদনা

*।। নবেম্বর ১ ১৯৮৯ ইং।।*

# মৈ অমসুং অঙৌবা লৈ

উবিবসি মৈনি,
মৈবিনি
ঙ্রুং ঙ্রুং চাক্লিবা।
মাগা থেংনকব্বা পূম্বা
চাকথেকলিবা,
তাংগোই তাহল্লিবা
শাথীববা মৈবিনি।
মৈবানবী কযানি
মসিদা মথবায থাখ্রবা,
তুমখ্রবা।
অদুবু
অঙৌবা লৈ অমতংদি লৈবি
কাচিন্দা লেঙদনা
মৈবিসিনা শোকপা ঙমদনা,
ইকোযদি কোযশিল্লদুনা
ঙাংশং ঙাঙলবা মৈবিসিনা।
লৈ অতৈদি
চাকথঙুনা তুমখ্রবনি।
উৎ ওনখ্রবনি ঙম্লমক।

মৈবিসিনা তান্নবি
চাকথেক্কে হাযনা
অঙৌবা লৈসিবু।

হন্না হন্না চাকথেকখ্রে খল্লুই
অঙৌবা লৈসি,
অদুবু লেঙদনা লৈবম্মী
কাচিনসিদা
চাকথেকপা ঙমদনা
অসম্মক অঙৌবা লৈসি।

মসিনি
মৈ অমসুং অঙৌবা লৈসিগী ৱাবী

*// নবেম্বর ১৪ ১৯৮৯ ইং //*

# অমম্বা অমসুং মঙাল

হৌজিক মতমসি
মম্বা অসুম হেনজিনলক্লি,
মিৎকুপ খুদিংগী
তমথীবসি হেল্লকলি,
ইবোয় কোযশিনলক্লি
মাযকৈ মবিমক্তা
খাবা হেনজিনলকই অমম্বসি।

অমম্বসিনা মম্বা অসুম হেনজিনলক্লগা
মঙালগী পীক্লবা মশেক অমা
ফাওবক্লি অতিযাদা
খোঙচৎকী মকোয অমা থুংবদা,
মঙালগী বাখল খল্লুবদা
মন্ধ খীংলকই লৈবাং অমা
থোৎলবী,
অকিবা মবক্তা।

*।। মার্চ ২০,১৯৯০ ইং।।*

# মসিবু কৌই পুন্সি

অযুক্কী কোবৌহনবগী ঙঙ্গ্রান্নবা মশেক্তা
শন্দোবকই
মঙালগী ঈপাক মপাল নাইদনা,
মঙালগী ঈপাক্কা জোযাব কাবদা
যাওবকই লৈবাং অমা।
লৈবাংনা শান্নবি
ঈথক্কা কাবদা,
ঈথক্কা কৃম্বদা।

মঙালগী ঈপাক্কা
নীক নীক লাউবদা
জগোই শাবি
ঐগী নৌববা থৱাযনা
তনিক তনিক।
হবাও মোমোন নোক্কা
মঙালবু চেৎনা কোঞ্জনীংবা ঐনি।

মপাল নাইদবা
পাক্লবা অতিযাদা
বাহূনা তান্নবি থাজবু
যোৎলগে হাযনা।
থাজনসু কৌবি
খূৎ হৎতুনা তোযনা

বাহূবু
লেংগোন্নদুনা চৎসি
মঙালগী ঈপাক্তা লূপলুসি,
অমম্বদা লৈবা মঙালগী ঈপাক্তা,
মসিবু কৌই পুন্সি।

*।। মার্চ ২০, ১৯৯০ ইং।।*

# ঐগী থবায়

নোংমা উখি ঐনা
অমম্বনা মঙালদা তিনখিবা
মঙালগী ঈথক হৌবদা।
মদুদা কযাদা পাকখিবা
ঐগী থবাযনা
মপাল নাইদবমখৈ
মতম্না কোনবা থুংদনা।

*।। মাচ ২১ ১৯৯০ ইং।।*

# থব্রায় অমসুং মতম

মিৎকুপ অমতং
অং, সুপ্নগী মিৎকুপ অমখক্তংনি,
ঐনা থেংনখি,
তশেংনা থেংনখি—
ঐগী থবাযনা খংপাক পাকথোকখিবা
মপাল নাইদবমখৈ।
মদুদা খংপীক পীকশিনখি
মতম্না।

*// মাচ ২২ ১৯৯০ ইং //*

# মতমগী ৱাংমদা

থবাযনা চৎলুই
মতমগী ৱাংমা লান্না,
মতম্না কোনবা থুংদ্রবা
লম অমা,
তবঙ হৌববা ঈপাক্তা।
থৱাযনা কযাদা পাকখ্রবা
মপাল নাইদবমখৈ।

*।। মার্চ ২২ ১৯৯০ ইং।।*

# ঐগী ফিমল

ঐ খঙঙি
মসি ফিমল ওইবে,
ঐনা খল্লি
ঐগী অমনবা কোট যেংলগা।
ফিমলনি হাযদুনবু
কবম্না হুন্দোক্কনি
ইবায লাযনা
ঐগা মবী অমত্তা লৈনদবগুম
তাপ হেক্তা?

মনলক্লবনি,
শেগাযবা হৌবক্লবনি
চহী কযা শেৎলকপসিদা
ঐগা মাগা অমতা ওইখ্রবনি,
পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই কযা
মাযযোকমিন্নবক্লবনি মাগা ঐগা
নুংশিজে, মবম অদুনা, ঐনা যাম্নমক।

ঐসু খঙঙি
ঐসু খঙঙি
ঐনা হনখিবদা
পুখিবা যাবোই ঐগী ফিমলসে,
অদুগা মসিমসু খঙঙি

ফিমলসে থাদোক্তবসু
সুংযা যাবোই,
নোংমদি সুংশোয শোযদনা
থাদোক্কনি,
থাদোক্তুনা চৎখিগনি
ইফি অমত্তা থোংদনা।
চৎতবসু সুংযা যাবোই
অদুবু
মমল অমতা লৈববোইদ্রা
ফিমলসিগী,
শেৎল শেৎলগা
মল্লবা কালদা তাপ তাপ হুন্দোক্কদৌবিবসিবু?
ঐনা কপলি
ঐনা শেৎলিবা
মল্লবা কোট, খোঙগ্রাউ, ফুবিৎপু
চেৎনা কোন্দুনা।
অদুগা
কবম্না হাযগনি
অনৌবা লমদুদা ঐনা থুংলুগদৌবিবা
হোংদুনা শেৎলুগদৌবিবা ইফি ইবোলদুবু
অনৌবা, অহনবা ঙাক্তনি
শোযদ্রে কবম্না হাযগনি?

কবম্বনা অনৌবনো
কবম্বনা অবিবনো
কবম্বনা  অমনবনো
কবম্বনা অহনবনো?

// জুন ১৪ ১৯৭০ ইং//

## স্বর ফুনবা

নোংঙানবা ঙাইবকপা অহিংসে
হেঞ্জিনলকপগুম তৌবক্লে অমম্বসে,
ওইবম্বনি ঐসে মৈ,
ইশাদগী থোবকপা মৈঙালদা
ঙালগনি খল্লম্বনি,
অদুবু মৈশা যাওদবা হাযবদু ওইবে হৌজিক্তি।
ঈপাকসিগী তোর্বান্দা খূৎ তুংবুন্নরা লেপ্তুনা
ফৈজোম কুঞ্জা তাখৎতুনা
তুফক তুফাই চন্না
চপশিল্লবা থবাযনা
উপায লৈতা যেংলি।

ফিভমসিদা কবি তৌবা তাই
ঐখোয হৌজিক?
মৈনা মৈগী মৈশা যাওবক্তবসিনি
লুবিবদি,
কবিনো তৌগদবা?
হিংনা হিংনা
শিবকপা,
চৎনা চৎনা
লেঙবা ঙমশিনলক্তবসি
কনানা শাবিবা মূর্ত্তিনো?
পূন্নমকসিগী দাযিত্ব কনানা পুগনি?

ঐগী অকোযবদা মীদি চৎলি,
লেঙবদি ঙমদে,
ৱাদি ঙাঙলি,
মখোলদি থোক্তে
মবোলদি যাওদে,
পাঙ্গল পূম্বা
মমূ যৈথেকখ্রে
শেংদ্রবা নুংশিৎসিনা।
হায়ফম খণ্ডদে
তৌফম খণ্ডদে
চপশিনবদি অসুম চপশিনলক্লি
স্ববদি অসুম ফুনজিনলক্লি।
অমুক্তং খংহোন হোন্দোকনীংঙি স্ববসি
লৈজবী থাদুনা।
অমুক্তং খংলাউ লাউথোকনীংঙি
অদুবু কনানা তাবিগনি?
তাবিনবা লৈতবা মফমদা
লাউকৃবগী কান্নবা কবিনো?
অমুক্তং খংনীক নীকথোক্লীংঙি ইশাসি
লৈজবী থাদুনা
কাহৎলবা মূর্তি মবকসিদা,
অদুবু পাঙ্গল থোক্ত্রে
মৈশা যাওদ্রবা,
মৈঙাল যাওদ্রবসিদদি,
নুংশিৎনা শেংদ্রবসিদদি।

*।। সেপ্টেম্বর ৫, ১৯৭০ ইং।।*

# ঐ অমসুং নিয়ম

ইহাঙ হাঙনা
ইযাং যাংনা
লাকপদা মঙাযবি
থুংলবদা মঙাযবি
ইখঙ খঙহৌদে
খংথাং থাংগৎলকই
খংনন নম্থবকই
চৎনবী, নিযম মযামগী নম্বো'মা—
মদু তৌবা যাই
মসিমদি তৌবা যাদে,
অসুম্না তৌবিযু
মসুম্না তৌবিনু,
অদু যাই
অদা যাদে,
অসোমদা লাকপিযু
অসোমদা চৎপিযু
অসির্নচিংবা কযা।

ঐখোযগী ইথক্তা
থোঙ্গৎলিবা নম্থবিবা
চৎনবী নিযমসে
যামমনখ্রে-খুবক হাঙদ্রে
অমদা চৎলে নিযম
অমদা চৎলে নিযম

নিযমগী নিযম ঙাক্তা
খোঙ থাংবা ঙম্মোইদৌবি।
মীওইববু মীওইবনা
কবিগীনো অসুক ফাজিন পুনশিন্নীংলিবসে
অশেম্বা পুন্সি অমদা?

থবাক্লুংদা মৈজাওগী কোমজাও
হৌগৎলকই ঙ্বুং ঙ্বুং।
স্বব কামথোবকই মৈবূল মৈবূল
ফ্রি ফ্রি ।
চাকথেক্কে পাইথোবকপনি,
অদুব মৈশাদুম লাংঙি ঐদুম।
ইশানা কামথোকচবা মৈবূলগী মৈশাদা
পৎথখি
ঐগী নৌজবনা থবায লৈবাং।
খাওতপ্পা শেম্বা খূৎশেমগী
চৎনবী নিযমগী শাবংন্নুংদা
নাউশোন্নবকই।

ঐদি সুংযা যানীংদে
ইথক্তা থাংগৎতুনা
ইশাবু নম্থহনবা,
নিযমগী মবক্তা ইকোয কোযশিন্না
লৈদুনসু।

অদুবু
মিৎকপ থোবকপদদি
থেংনবে

ওইবল্লে ঐ ইশামক নিযম,
ঐ ইশামক নিযম অমনি।
হেন্না হেন্না
ফাজিন পুনশিল্লন্মী
লেঙ ওৎপা ঙমদবমখৈ।
নম্থবকই, পুনশিল্লি চেৎনা ঐবু
ইশামক্লা ওনখিবা নিযম,
নিযম কযানা।
ইনবসু ভাবন্মী
নিযম কথাসু
হিংগে হাযববদি মফমসিদা।

*।। সেপ্টেম্বর ১১ ১৯৯০ ইং।।*

# থোংলবী লৈ অমসুং মৈবূল

থোং নৌববী
লৈ অমগী
লৈকাগী খযাংতগী
কামথোবকই
মৈবি মৈবূল
ফ্রি ফ্রি।
অতিযান্না মোমোন নোক্না
চূপশিনখি মৈবি মৈবূল।

। সেপ্টেম্বর ১১ ১৯৯০ ইং ।।

## ক্যামুফ্লঝ

**(Camouflage)**

নুংথিল পোবোপসিদা
অহিংগী অমম্বনা কূপশিনলকই
নুমিৎকী মঙালবু,
অদুদগী
মীশিং— অঙাংনুবী পূম্নমক
খা লাই খঙদনা
মাযকৈ শলাই খঙদনা
কোযচেন চেন্নবকই
পাখৎনদুনা থবায খূবাক্তা হাপ্তুনা
অকিবনা পীকথনবা মালেমসিদা
শিদনবা।
মাযকৈ মবিদগী
ওৎপা নৈবগী খূৎশানা
মেৎখাযবকই চবম
স্বব ফুনবমখৈ।
মতমসিদা কিনবেনে
ইচা লৈশাবী
ইচে ইচল
ইতালোই মৌনহা— মীওইবা পূম্নমক
লমজাও সবক্তা
থবক চৎথোক্কদবা
নুংথিল পোবোপসিদা ফাওবা।

মী মবক্তা
লমগী শানা
তাইবং মীগী মাযখুম উপ্তুনা
তাইবং মী শাদুনা
মশক লোৎতুনা
নীংঙাইদনা কোযচৎ চৎলি
মচিঞ্জাক থিবা
ইঙাল ঙানবদা,
শাবাক তম্মী
তঞ্জা যেংলগা।
মযেক্কীদি যাদে
মী মবক্তা
লমগী শাদি লৈবা।
অদুবু, লুবিবদি
কবম্না খন্দোক্নি
মীগা শাগা
মশক চপ মান্নববসিদা,
তোৎশিন তিনশিনখ্রবসিদা।

*।। সেপ্টেম্বর ১২ ১৯৯০ ইং।।*

# নুমিৎকী মঙাল অমসুং লৈচিল

থাববা
যাম্না থাববা
অমুবা অমম্বা লৈচিলনা
কূপশিল্লি
কল্লবা নুমিৎকী মঙাল।
নুমিৎকী লংলবা মঙাল
লৈচিলগী মকুমদা
নীকনীক লাউনা খাঙলি।
নুমিৎকী মঙাল
লৈনা লৈনা
মঙাল থোকপা ঙমদনা লৈবি
থামনখিবনা অমুবা লৈচিলগী মপাক।

*।। ওক্টোবর ৪, ১৯৯০ ইং।।*

## লিল শান্নবগী য়াই

হে লিল শান্নবা।
নঙগী যাইসিদি অঙকপনি,
মসিদি মওং অমনিকোঃ
অরা ঙাক্ত শিদেকো,
নুংঙাই ঙাক্তা হিংদেকো,
অমোৎ ঙাক্ত নাদেকো,
মসিনা মবোযবে অবেপ্পা লৈতেকো

অমোৎ ঙাক্ত তুকচ্চদেকো,
অমোৎ অকায় পৃম্বসু
অন্ধ-অনাল ওইববোই নীংলকই
ফজবকপোই খল্লকই,
মফম মতমগী মনাইনি।

হিংবদা মতিক চাদ্রবা কযা
মখোঙ তেকপা
মখুৎ তৎপা
শিৎ শিৎতুনা চৎপা কযা,
মমিৎ তাঙবা কযা
মা মাদুনা,
নি নিদ্না হিংলিকো
চোং চোংদুনা চৎপা কযা।
মখোযনা নুংশিনা ঈশৈ শকই

কবিদবু শকলিবা।
হবাও হবাও নুংঙাইনা নোক খেবি,
কবিদবু নোক খেবিবা
থবায তানা।
হিংদ্রবসু যাববা মখোযনা।

"অসুক রানা হিংদৌ শকক
শিজখিবনা হেন্না ফত্রা নঙ?
হিংনবগী লালফমদা
মাযথীববা নঙ
কবি কান্নবিবগো হিংলুবগী
শিজখ্রো নঙ শিজখ্রো।"

"অদুবু হেক যাব্রনে?"
নাকন্দগী যেৎলকই মবৈ
কনানোমনা ইতুং ইন্নবক্লিবা।
হিংফম থোকলিবনা কনানো?
শিফম থোকলিবনা কনানো?
নুংঙাইনা হিংবনা কবিনো?
বানা হিংবনা কবিনো?

শোক্লুবাদ লাযবদুনা
যেংবদা ফাওবা
যেংবা ঙমদনা তুকচ্চববা
বেলগাডিগী মোৎলবা লেট্রিন্দা
চিংনবা নৈতনা হিপথখি,
অদুগা তুমথখি কবিমত্তা নাচুংদনা
লাইববীদো,

কবিমত্তা লৈত্রবীদো
তোল্লবীদো।
সিদসু নত্তেদো
চাসু চাখি চাকসু
মীনা লেমমম্বা খবা খূন্দুনা
চণ্ডম চনাই
কিৎ কিৎ নমদুনা
হাউনা
মোৎখ্রবা মবক্তুদা
নমথীখ্রবা মনমদুদা
কবিমত্তা তুকচ্চদনা
কবিমত্তা হঙ্গোইদনা।

খঙঙবোই নীংলুই
লিল শান্নবা
নঙগী যাই,
ফোং ঙাল্লকই
অদুবু
খূদক্তা খংমম মমখি
বিজলি থাউমৈ।

কবিগীবু হিংলিবা?
কবিদনো শিবা ঙমদ্রিবা
পঙথবব্রা থরায?

হে লিল শান্নবা,
নঙনা শান্নবি
থাবদুনা

ঙক্লবা নঙগী যাই,
সিনা মবোইবে হাযবা লৈতবা
নঙগী শুমহৎযাই।

নঙগী যাইনা পঙথহল্লিবসিবা
পুন্সি হাযবিবসি
তাইবং পুন্সি?

*।। এপ্রিল ৩০ ১৯৯১ ইং।।*

# লাইয়েকপা
# অমসুং
# লাইয়েকপগী লাই

ঐ লাইযেকপনি
লাই কয়া যেকলিবা,
নঙগী মূর্ত্তিবুসু যেকলিবা,
অদুগা
নঙনা ঐগী মোডেলনি
ঐগী মাঙদা ফমলিবা।

যেক্লক্লি ঐনা
শক্তম কযামকম নঙগী
লৌ লৌদুনা নঙগী কযাৎ খূদিং
মচেৎ মচেৎ।
নঙগী মিৎ, নঙগী চিনবান
নঙগী নাতোন, নঙগী লাইবক
অমত্তা চিথদনা
যেকলি
নঙগী শক্তম।
নঙগী শক্তমদা নত্তে
ঐনা যেকলিবা,
উমং কযানি,
উচেক কযানি অতিযাদা পাইবিবা,
পাক্লবা ঈপাক কযানি

ঙানু থঙ্গোং কযানা শান্নবিবা।
লাই যেক্লা যেক্লা
খঙহৌদনা লূপখি
ঐগী থৱায
মপাল নাইদবদা।

অসুন্না যেক্লক্লি লাই কযা
অসুক কুইবসে।
যেকপা লোইবগা
ফি অমমমনা কূপশিন কূপশিন্দুনা
থমজিনখি ঐগী লাই
চেকশিন্না,
যাম্না চেকশিন্না।

ঙসিদি
যেংলি ঐনা
হাইদোক হাইদোক্তুনা
কুপলিবা ফিশিংদু
অমমমতং ওইনা।

ঙসিদি,

হৈশ। কবিনো মসিদি
ঐদি যেকখিদেনা খক
ইশাগী শক্তমদি,
অদুগা
কবিগীনো মসিদি
উমং অমত্তসু নৎলমদ্রে,

ঈপাক অমত্তসু ওইবমদ্রে,
পাক্লবা অতিযাসু,
অতিযা অমত্তসু যেক্লমদ্রে,
পাইবমদ্রে উচেকশিং অমত্তসু
মপাল নাইদবা অতিযাদা,
নঙগী শক্তমসু অমত্তা
মমি তাবমদ্রে ঐগী কেনভাসতা।
পূম্নমকসিগী মহুৎতা
যেক্লমলে ঐদি
ঐগী নাতোন, ঐগী মিৎ,
ঐগী চিনবান, ঐগী লাইবক,
মসিদি ঐগী ঐ ঙাক্তা।

উবগা মসিবু
তপ্না তপ্না
উপায় লৈতনা
ফমথজৈ লৈমাযদা ঐনা।

// মে ৩০ ১৯৯১ ইং//

# লফূ মকা খোকপা

ঐনা লফূ মকা খোকলি
মকা অমদগী মকা অমা
মথং মথং,
অদুদগী মযোন অদু ফংনবা তান্নবি।

মঙলান্নি,
মঙদা মঙনি,
মদুসু
মযোন মবোন্নি
অমগী মথংদা অমা
অসুম অসুম লোনশিনখ্রবা।

হায়বিযু,
তাকপিযু ঐঙোন্দা
কযাম বাৎলিবগে যৌগদবা
লমদমদু।
ফনসু মচৎলক্লে
যৌবা কৌবদি নাইদেদকো।

হে
মঙালগী লমদম নঙবু
কৈদৌবগে নঙবু
যৌজবগেবা

নুমিৎনা তাদ্রিঙৈসিদা।
যৌবৰোই নীংজকুই
থেংনবৰোই খঞ্জকুই,
অদুগদি
ৱাৎতুনতা লৈবস্মী।
কৈনোনে
তৌবিবা মতৌসিবু
লফূ মকাসে
লোইবা নাইদেদকো খোকপগী

ঐগী খূৎসি তিংথোক্তুনা
ফনা লামদুনা হোৎনৈ
অমুক্তদি শোকে।
অদুবু মঙলান্নি,
মঙদা মঙনি খঞ্জিনলকলে,
মদুসু
মবোন মবোন্নি
অমগী মথংদা অমা
অসুম অসুম লোনশিনখ্রবা।

লুবনা মহেল্লে,
তেন্দুনতা লৈবে
ঐগী ইখুৎনা,
যৌশিনলুবা ঙমদে
লাম্বা ইফং ফংদে।

// জুন ১০ ১৯৯১ ইং//

## চীংলোন অমসুং মখোয় তরুক

অমুক হৌবকলেনে
ঐগী অনাবসে,
কোকপা ঙমদ্রবা ঐগী অনাবসে।
খনবা হৌবক্লে অমুক
মশকসু উদবা
অমম্বা লমদমগী বাফমদো
বাংমা অসোমগী।
মশকসু উদবা
অমম্বগী বাসে
খল্লুদবনা ফবে নীংলুববনি
অদুবু উদবগী রাখলসিনা হেল্লি লূম্বা
মশক উবদগীদি।

হৌবক্লে,
কাউথোকপা ইঙম ঙমদে।
উবিবসিগী রাংমদা
লৈসু খঙদা
লৈত্তেসু খঙদা
মসিবু কবি কান্নবিবগে?
অদুবু
থাদোকপদি ইঙম ঙমদে,
ইঙম ঙমদে হেঞ্জিনবসু
মশাইদগী।

হৌজিক হৌজিক থেংনবিবা
চঙ চঙ লাউবা
খূৎনা পাযবা যাবা
মিৎনা উবা ঙম্বা
মসিনা ফবে খল্লবনি।

অদুবু
স্কৃন্দা সিনেমা কাপ্লকই,
হেক্তা চোংথোবকই
শক্তমশিং মিৎমাঙদা।

চাংলোন
চীংলোন
চীংলোন
চীংলোন কযা কযানি
অমগী মথংদা অমা।
মথং মথং লান্না চৎলিবা
খোঙচৎ।

নুপীদুগা থাবগা
মখোয তকক্লা চৎখিবা
লৈচিল নোংফাই মবক্তা
হূই অমতংগা
মবী মবী
অসুম অসুম কাখৎখিবা
চীংলম্বীদুদা
কযাদি ফজখ্রে
কযাদি নুংশিখ্রে।

চীংলোন
চীংলোন
চীংলোন
অসুম অসুম বাংখৎখিবা
অদুগা মখোয তরুক,
মঙদসু ঊই
তাইবংদসু ঊই
ঐগী মিৎসিদা।

অদুদগী
মথং মথং
অমমম কেলহৌবা
অসুম।
অদুদগী অমুকসু
চীংলোন
চীংলোন
চীংলোন
অসুম অসুম বাংখৎখিবা,
মী অমতংগা
হূই অমতংগা
ইবোইলোইবদা।
ওহ্নোক্রা ফজখ্রেদা
ওহ্নোক্রা নুংশিখ্রেদা
শক্তমদু।
অসুম অসুম বাংখৎখিবা
অসুম অসুম বাংখৎখিবা।

// জুন ২১ ১৯৯১ ইং //

# চৎলক্লিবসে শাংলক্লে

চৎলক্লিবসি শাংলক্লে,
হৌজিক্তি চোকথবে
ইখোঙ অসি থাংবা ঙমলক্ত্রে।
অহিং মশীং খঙলক্ত্রে
ঐনা চৎলক্লিবা,
অহিং অসিমদি যাবেক্তবা যাদ্রে,
তূপ্পীংবনসু অম্বোন চল্লে
মফম অসিদা ঐহাক
যাবেকখিবা তাই
অহিংসিমতং।
হয়েং নোং ঙানফাৎত্রিদ্রৈঙদা
ঙন্না
খোঙ অমুক শানখিগদৌবনি।

হকচাং অসি যান্না চোকথবে
পোথানীংবনা ঙাওবে ইশাসি
অদুবু যাথংদি ফংদ্রি
যাবেকখিনবা মফমসিদা
অমসুং
খোঙশানখিনবা মফমসিদগী।

*।। জুলাই ৩০ ১৯৯১ ইং।।*

# ৱাহৈ অমসুং ঐগী থৱায়

তোযনা থেংনৈ ঐনা
ৱাহৈনা মপূকচেন হোংলকপা।
ৱাহৈনা মপূক শেংলক্তবসিদা
কপলি ঐগী থৱাযনা।

*।। অগষ্ট ১, ১৯৯১ ইং।।*

## নোং

পি মবিক অমা
যান্দুনা লৈ
অতিযাগী মিৎস্নাদা,
অদুদগী
হুপথবকই
অমুবা শম্লাংগী
মশীং থীঙমদ্রবা মাচাশিং
মালেম লৈমগী থবাক্তা।

*// অগষ্ট ৬ ১৯৯৯১ ইং//*

# ঈপাক

ঈপাক্তুনা হাযবকই—
ঐদি
ঈপাক্কি মপাল নাইদবা
খম্বা নাইদবা লুববা
লোইবা নাইদ্রবা মতমদা।

নোংলৈ নুংশিৎ কযানি
হুন্নবিবা ঐগী ইথক্তা,
অখাক অবাও কযানি
খাক্লবিবা ঐগোন্দা,
অদুবু
ঐদি ইচি লেঙদে খক,
ঙমদে শোকপা ঐবুদি খক।

ঈথক ইপোম কযানি
ঐগী ইথক্তা হৌববিবা
অদুবু
ঐদি ইবেঙ লেঙবিদে।

যাক্লবা নুমিৎকী মৈশা
হৈথবকই ইথক্তা,
অদুবু
ঐদি ঈশিং লুম্বু শাবিদে।

*।। জনুৱারী ১,১৯৯২ ইং।।*

# থৱায়গী ঈচেল

ঐদি
চেন্থবিবা ঈচেলনি
মপাল নাইদবা ঈপাক তম্না
লোইবা নাইদবা খোঙচৎতা।
ঐগী থৱাযনা চেন্থবি
খম্বা লৈতনা।

বাংলবা চীংদোন্দা
ভুবেনগী মরু লৈ
চীংনুংগী সনালোক্তুদা
যাইবীবোক্কী লোক্লুংদা।
চেন্থবকই ঐনা
খম্বা নাইদবা ঈচেল
শুক্লবা উমং ৱামং কয়া
ফাও ফাওদুনা।

ঐগী ইথাদা
শান্নববি ঈবোইদুনা
চাক্তাববি
লমগী চেক্লা কযা ঈশিংদা তাবা।
মখোযনা শান্নে
অমুকসু ঈকপ্তুনা
অমুকসু তাউখৎতুনা

অমুকসু পাইখৎতুনা,
মখোয়না খোংঙি খেক্লা
মশা তোয়না খপ্তুনা
পাইখৎ পাইথ মনীংতম্না।

উপাল বাপাল কয়া
হৌহৌই পবেং পবেং
ঐগী তোর্বান কাওপ অনীমক্তা।
তাবকই চীংনুংগী হবিগী নিংনিংসু।

অদুবু
থিংবদি ঙমদে কনিওম্বা অমওনা
ঐগী ঈচেলবু,
ঐদি চেম্থবিবনি পন কয়া নমখায়দুনা
তাকনবা মপাল নাইদবা ঈপাক্তুদা।

চেম্থকই
তাশিন্নবা মবক্তসু,
লৈহৌই
অতেক অকায় মূর্ত্তি মযাম,
যৌবকই
অরা অনা কয়াগী
অশাবা নুংশা স্বব
ফূইনা হোন্দোবকপা।
চেম্থবকই ঐগী থরায়না
নমথীবনা মনম নুংশিবা শাহৌই,
অথীবনা ফজবনি থন্নহৌই।

ঐগী ঈচেল
কবিগুম্বদা হাথু হাথু,
ঙাওনা ফৈনা
শাউনা ঙংদুনা লাউদুনা
চেম্থবকই,
কবিগুম্বদা হাইনা হুন্না
কবিগুম্বদা লেঙঙম শাঙমদনা
কবিগুম্বদা চেল্লি ঐনা
ইপূকসি পীক থন্না
লূম লূম লাউনা,
কবিগুম্বদনা ইহাপ হাপ্পা ইপূকসি
চেল্লিদা থোক্লা।

মিৎকূপ অমতং
শুক্নগী মিৎকূপ অমতং
পূন্নুপ লূপখি,
পূমতিন তিনখি,
মশীং থীঙমদ্রবা মযাম্না
অমখক্তংদা তিনখি
অনীসু অনী থোকখিদে।
তেল্লবসু তেনজসনু
মিৎকূপতো
শেংলবা পূন্সিনি।
অদুবু
হেন্না পাকপা ঈপাক অমগী ঈখৌদা
পোথাবা যাদে ঐ,
ঐদি চেম্থবা তাই
নুমিৎ তাববসু তাদ্রবসু।

অদুনা চেম্থবি হেন্না হেন্না
লোইবা নাইদবা খোঙচৎতা,
লেপ্তবা ঈচেলসে থরাযগী
খঙদ খঙদ্রবা লমদম তন্না।
চেম্থবনা ঐগী ইথৌনি
লেপ্তবনা ঐগী শাজৎনি।
অনৌ অনৌবা থেংনৈ
ঐগী পুন্সি,
অদুনা চেম্থবিবনি
অনৌ অনৌবা থিবা।

ঐদি অহিংবনি
ঈচেল লেপ্লবা অশিবদু নত্তে।

অদুনা
চেম্থবি ঐগী থবাযনা
খম্বা নৈতনা।

ঐদি
চৈম্থবিবা ঈচেলনি
মপাল নাইদবা ঈপাক তন্না
লোইবা নাইদবা খোঙচৎতা।

*// জুন ৪ ১৯৯২ ইং//*

## উদবা অমা

মতম অসুক কুইবসে
বাহংতা হংদুনা
লাকপনি ঐ,
নঙনা তুমিন্নতা লৈ
পাউখুম পীবগী মথৎতা,
নমাযদা ঙকপগী মমিদি তাই।

নঙনা ঐগী ফিজি পাযদুনা
পংখামদা
খামলিবা কবিগীগোং
নঙনদি হাযবিবা—
স্বাইদগী হেল্লগুমসি,
উবিবা ঙমখৈসিদগী হেল্লবনু,
সম্বলসিগী ৱাংমদা
কবিসু লৈতবনি
পূন্নমক মমিনি খৃৎনা পাযশিনবা যাদবা।
ঐনা হাযবি—
ঙমখৈ নাইবদা
ঙমখৈ নাইদবসি
হাপচিনবা চন্দে।

পুন্সিদি শেংলবা খোঙচৎনি,
থৱাযগী

তীর্থ যাত্রানি
মনুংগী মনুংদা অসুম চঙশিনখিগদবা।
পুক্লিং থৌনা চঙঙি
হোৎনবা চঙঙি
মৃক্লবা চঙঙি
খাঙবা চঙঙি।
হকচাং পোল্লাং অসিদি
খোঙচৎকী মথা শমথখিনবনি,
খোঙচৎকী লোইশিনফমদি নত্তে।

ঐনা শিবগে হাযবগা
হেক্তা শিবা যাত্রা?
ঐনা হিংনীংঙি হাযবগা
হেক্তা হিংবা যাত্রা?
মপী মপা নাইদবদি
কৈদগী হেক্তা ওইবা যাগদগে?
পৃথিবীগী বাংমদসু
নুমিৎ থা থবানমিচাক মরৈবি,
কবিগী লৈবোইদগে
উবিবসিগী বাংমদা
উদবা অচুম্বা অমা?
ঐদি অসুম চৎলিবনি
লোইশন খোমজিনবা ঙমদ্রবা
অউবা মযামসিগী মবক্তা
ফাও ফাওদুনা
উদবদু তান্না হেন্না মপূং ফাবা অমগীদমক।

নঙ কবিগুম্বদা ফাওবক্ত্রা

উদবা অচুম্বা অমনা
নঙোন্দা শোকলকপদু।

মতম পূন্নমক্তা
নঙগা লোযনদুনতা লৈবিবা
অদুঙৈগী হূই অদুনা
নঙবুসু কোযইন ইন্নদুনা লৈবি,
নঙবু কোযশেন শেন্নবি,
মসি নঙ কবিমত্তা খঙদ্রা?
নঙনা মাবু উদদুনা খঙলুদ্রবসু
মানদি নঙবু যান্না মুন্না খঙবনি।
নঙবু মানা
কোযশেন শেন্নবিবসি
ঙমখৈসিগী বাংমদা লৈবিবা
উদবদুগীনি,
মতৎ অনী শমজিন্নবনি।
মসিগী কান্নবনা
মপোক অমগীনি।
অবোইবদদি
নঙ
ঐ

অনীনা অমত্তা ওইখিগদবা

*// এপ্রিল ১৬, ১৯৯৩ ইং//*

## থৱায়দা মচু শঙলক্কদ্রা

"মিৎনা উবিবসিনা লোইবে
উদ্রবদু লৈত্রবনি,"
অসুম্না নঙনা ফনা হাযববসু
যাদে ঐদি
মশ্বাযদা লোইশিনবদি,
ঐদি অসুম চত্থখিনি
থবাযগী খোঙচৎসি
হকচাংগী খোঙচৎতা
হাপচিনবা চন্দে।
অদুনা হেন্দোকখি
হকচাংদগী থৱাযনা।

অদুনা চৎলি ঐনা
লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎসি
পন্থুংফম লৈত্রবা লম্লেলদুদা।

পুন্সিগী খোঙচৎতি
থৱাযনা
নুংশি লমদম পাংবনি,
নুংশিবীনা নুংশিববু উনবা চৎপানি
যাম্না ঈখৌ লাংনা।
হাথু হাথু থাংবা
খোঙথাংদা

মবায লূকথনা
মমিৎ লৈবাক্তা যেংদুনা
ইকায হঙ্গোইনা চৎলিবী
নুজাগী খোঙচৎনি,
লৈখোম লৈনাং থোক্লবসু
নোংলৈ নুংশিৎ অকনবদা
কবিমত্তা নাচুংদনা চৎলিবীনি
নুংশিববু উননীংবনা ঙাওববী
লাঙতক্লনা নুংশি লমদম পাংলি

খোঙচৎসিদা
চেঙজেন খবদি
পৃথিনি শোযদনা
শ্বাইদগীসু
ঙৈহাক লমদনালিবা,
মথংগী খোঙচৎকাঁদমক।

পৃথিগী লৈনা লৈনা চৎপা
খোঙচৎকা
থবাযগী খূৎথাঙ খোঙচৎসিগা
শম্লফম কদাইদনো?

ঈশিংদা ঈকপ্লগবু
ঈশিং চোৎতবা হৌনব্রা?
মচু মযামগী মবঙা
ফাও ফাওদুনা চৎপগী
থবাযদা মচু শঙলক্কদ্রা?

*// এপ্রিল ২৪ ১৯৯৩ ইং//*

# কূমথরক্কনু নঙ

মী নঙ
কবিগী হেক হেক কূমথবকলিবনো
অসুক লৈখা তানা?
মী নঙদি অৱাংবা থাক্কীনি
অসুক নেমথবক্কদবা নত্তে,
নঙগী ফমভমদি
আঃ মথক্তনি, লাইগী মনাক্তনি।
নুংশিনদবা
তমথীনবা
শাউনবা
যেংথীনবা
খেন্নবা
হাৎনবা
শুনবা
হিংসা
পূন্নকসিগী থাক্তগী বাংখৎখ্রবা
পূন্নমকসিগী ৱাংমদা
মখোযসিনা শোকপা ফংদনা লৈবনি।

চুম্মী, মীনা মীনি
লাইনা লাইনি
অনীসি যানসিন যেৎশিন্নবদি খক যাবোই,
লাই ফাওবা

হেক হেক কূমথবকলিবনি,
মী নঙোন্দা
শা যাওবি,
মীগী থনুংদা
আঃ মনুংদা
মতম পূন্নমক্তা
শা অমা, লমলক্কী শা অমা
মখোঙ মখূৎ পূন্দুনা
কূন্দুনা লৈ,
হিংচা যাইতম্বা যাওবি
অপঙবা, অঙাওবগী শকক যাওবি।
অদুবু
নঙদি মখোযসিগী মনাইদি নত্তে,
মখোযসিনা নঙবু থৌহনর্দি যাদে।

মী নঙনা হাইথবকপদা
মঙলাক্লে ঐনা ইতূম তূমদনা,
চেল্লম্বা তুবেলগী ঈচেল খ্রক কংশিনখি
মালেমসি মর্মত্রিক মমশিনখি।

মী নঙ
চোংথবক্কনু, কূমথবক্কনু,
মী নঙদি
শা ওইগনু
শা যাওজববসু নঙোন্দা,
নঙনা ঙাওবক্লগা
ঈনা লৌখোং চেল্লি।
মীদি ঙাওখিবা খঙহৌদবনি।

মী নঙগী নশক্তু
লাইগী মঙালনা
ফৃদোংদুনা ঙাল্ত্রিক ঙাম্থোবকউ,
মদুতবু যেংজদুনা
মোমোন নোক্লা
মকা লাম্লা
থবাযসে
লৈজগে মতম পূম্নমক্তা।

*।। মে ১২ ১৯৯৩ ইং।।*

# মোৎলবা নালা

মতম অসি যাম্না ফত্রে
কৈথেলগী মোৎলবা নালাসে
শেংলবা গঙ্গানি খন্নখ্রে,
মসিদা লূপকেদা মহাযনখ্রে।
ম্যুনিসিপালিটিগী অমোৎপা
অসুম অসুম পৈশিনলকপসিবু
কনানবু ৱাকৎখিবগে,
যানীংদে হাযনা কনানা থৱায থানখিবগে?
গঙ্গানি হাযনা
লূপনবে নালাসিদা মোৎলবা।
অমোৎপদা লূপলুবগী
অমোৎপা পক্লকপসিবু
গঙ্গাজলনি খঞ্জে,
মসিনি মতমসিগী অনাবা।

কৈথেলগী নালাবু গঙ্গানি খল্লকপসিদা
কপলি ঐগী থৱাযনা।
কপ্না কপ্না
উপায লৈতনা
অমোৎপগী কোমদা
পূথদুনা লৈবন্মী,
মসিদবু কবন্না অমোৎপা
পক্লক্লোই ইশাসি?

মসিদবু কবিগী কপলোই
ঐগী থৱাযনা ?
হৌজিক্তি ইশামক
অমোৎপগী শকুক অমা
ওইবক্লব্রা চিংনবে
অসুম অসুম
ইশানদি খঙজদনা নমদুনা।
মসিগীসু কপলি অমুক্কা হেন্না
কবস্থা নুমিৎতা
অমোৎপা কোমসিদগী
কাখৎলকপা ঙমগনি ?
অমোৎপা কোমসি
নোবোক্কী কোমনি হাযনা
খঙনবক্কদগে ?

*।। মে ১৪ ১৯৯৩ ইং।।*

# সনাগী কৈরাক

হে চাউববা কাংখোঙ
অহৌবা অবোইবা নাইদবা,
নঙনা উক উক ঊংবদা
যাওবিদো ঐগী পুন্সি অসিসু।
ঙবাং, ঙহান, ঙহান মথং
মথং মথং চৎখি
উনা উনা ইমাঙমক্তদা।
চযেৎনববা মযেক শেংদ্রবা কযা
পুল্লপ হাপচিন্দুনা পীক থন্না
চৎলি নঙনা নঙগী লম্বীদা
নঙনা চৎপদা চৎলি ঐনা নপ্তুনা,
লোইবা নাইদনা খোঙচৎসি।

মদ্দপ,
নঙনা নীংলমগনি ঐসে
কিদুনা চেল্লে হাযনা ,
মদুদি খনগনু।
কবম্নবু চেনগনি পুন্সিসিদগী,
ফবে, চেল্লেসু মখল্লসি,
ঐনা কিদুনা চেল্লগবু হেক্তা
যাবগদ্রা নাহ্নোকপা?

নোংমদি শোযদ্রবনি
সুংশোয শোযদ্রবনি

চৎখিগনি ঐসু নঙসু
সনাগী কৈবাক থাদুনা
অশি লৈবাক তান্না,
নঙ ঐনা চৎনীংলবসু চৎনীংদ্রবসু
চৎপদি শোযদ্রে অমুক্তি।
মসিদবু ৱাফমসি তবাই তবাইনা
কবন্না লৌগনি?

ঐসু কুইনা
ৱাংমা অসোমগী
সনা মচুগী খোঙ্গুন মেলৈবু
যেংলুদ্রবনি
সোমগী কুদ্রক কদ্রাকপসিগী
হোৎনবিঙেদা।
অদুগদি ঐনা অসোম ৱাংমনি খল্লমলিবদুসু
সোমগীসু ওইবল্লে,
সোন্না মরু ওইবা অদুক
অসোমসু মরু ওইবল্লে।

মী খূদিং চৎলি
সনাগী কৈবাকসি পুদুনা
কোয়পু পুদুনা।
অদুগা চৎনখি
সনাগী কৈবাকসি থাদুনা
মসিনা শন্নখি লোইবা নাইদবা
শাংলবা মাঙগী লম্বীগা,
মসিনি নঙ ঐগী লাইবক্তা তল্লমলিবসু।

*// জুন ২৯,১৯৯৩ ইং//*

# সনাগী সীতা

ইমা সীতা সতী
বোন্দা লংথোক
সনানা শাবনা মহুৎ শিন
লৈবাক ঙাকখি,
অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখি
প্রভু রামচন্দ্র।
থৱাযগা থৱায নত্তবগা
শিন্নখি।
মপাঙ্খোংগী ফজবগা
লোইবব্রা
অচুম্বসিবু?
ফনা ফজববসু যেংবদা
থবাযদি পানখিদে।
মানহল্লগা
যাবব্রা লোইনমক?
বিশ্বমিত্র নঙসু
বশিষ্ট নঙসু
অগষ্ট নঙসু
আদি কবি, হে বাল্মীক, নঙসু
তুমিন্না লৈহৌবিবা কবিগীনো?
নখোয পূন্নমক্কী
অচুম্বসি মসিনা ওইবব্রা?
মানবগা অওইবগা ওন্নখ্রব্রা?

সনাগী মূর্ত্তি হে সীতা।
নঙসু অমুক্তা হাযবকউ
অমুক্তা লাউবকউ
ওইদবা নঙনা অওইবা শাবসি
যাবব্রা?

হে সতী অথোইবী।
নঙবু বোন্দা হুন্দোক্লবা
দোলাইথক্তা থাঙ্গৎলমদাইদা
"ঐ লান্দে"
সিত্তদি লাউবম্মু
নপুক্লিংগী অশেংবদু
ফাঙদদি ফোঙদোক্লমউ।

হে প্রভু,
রামচন্দ্র, নঙগী ওযদা
ঙাম্থৌইবিবদো
সীতা নত্তে,
সনাগী মূর্ত্তি নি
অশাবনি অশাবা।
সনাগী মহুৎ যাইঙংনা শিনবগী
চৎনবীসি,
নঙনা হৌদোকলিব্রা
ওইদবনা অওইবা শাবগী
সংস্কৃতিসি?
অশেংবগা তৌশিন্নবগা
অমত্তা ওইহনবগী হৈনবীসে?

*।। এপ্রিল ৩০, ১৯৯৪ ইং।।*

# মৈদা মৈনি, অদুবু

লাইগী লৈবাক নোংদোন্দগী
হুন্দোবক্লিবা কোবৌহনবসে
তনৌ তনৌই যেংবদা,
অদুবু
মৈদা মৈনি,
চাকথেকই, কাথেকই
উপাল বাপাল
উনা ৱানা।

অদুবু
শাববা মৈশাসিদা
অনৌবা মযোন চোংঙম্বা
নৌনা যেন্নীং হুনঙম্বা
পাঙ্গলদি যাওবি।

*// অগষ্ট ২৭,১৯৯৪ ইং//*

# মোমোন্তমক নোকই ঐনা

“নোংমা
ইখঙ খঙহৌদনা
ঐনা
নঙগী যূমগী জুবিদা
লেপ্তুনা,
চৎলসি লাকও
খোঙশাল্লসি হাযদুনা
হৌবববদি
নঙ
কবি তৌগনি ?
খুদক্তা
ঙম্লগদ্রা চৎপা
ঐগা লেযননা
নযূমগী নুংশিববা মী পূম্বা থাদোক্কনা ?”

নোংমা হংখি অশিবনা।

ঐনা মোমোন্তমক নোকই
ঐগী অকোযবদা কোযনা
যেংদুনা।

*।।নবেম্বর ১,১৯৯৪ ইং।।*

# অচুম্বা

হে অচুম্বা,
নঙদি নমায মাযথোং
তবা লোঙবা
লোইবী চীংমাযনি,
অদুনা
মানা মানা উজবা
চীংমায তম্না
কাননবা হোৎনবনি।
মানা মানা উজবা
চীংমায়বু
থাগোন্নজবনি।

*।। নবেম্বর ৬, ১৯৯৪ ইং।।*

# থকখিনি য়ুদি ঐ

নুংতিগী
থক্লিবা যু অসি
যাম্না হাউবমক্তি নত্তে
যাম্না থুম্বমক্তি নত্তে,
অদুবু
নিশাদি অদুম মকায।
থকপগী হৈনবী অমদা
লেপ্তনা অসুম থক্লক্লি।

অথুম্বা ঙাক্তা থক্কনি
অহাউবা ঙাক্তা চাগনি
কবম্না অসুম্না তৌকগনি?
হাউতে থুমদে হাযদুনবু
কবম্না চাদনা থক্তনা হুন্দোক্লগনি?

মচুবু অঙৌবা ঙাক্তনা মচুবা?
অমুবা অঙাঙবা অশংবদি
মচু নত্রব্রা?
যাওহৈদ্রব্রা?
অঙৌবা নত্তনা
অতৈদি
মচু নত্তে কবম্না খৎতোক্লগনি?

থকলিবা যুসি হাউববসু হাউত্রবসু
থুন্নবসু খাববসু
লিক্লিগী মনিংদা পকপা মবিক ফাওবা
চিদুনা থকখিনি নুংতিগী।

ঐদি থকখিনি চিদুনা
মবিক অমফাওবা
খাববসু যাক্লবসু।

*।। নবেম্বর ২৭ ১৯৯৪ ইং।।*

# শগোল তোংবা লানমী

ঐদি
শগোল তোংবা লানমীনি
অঙম্বা চীংমাযদা কাবিবা।

শগোল চুপলিদি মপাযবি
খূৎ অনী চঙনা
চেজেৎ চেৎনা।
অদুবু
খূর্জি নাম্থোকখিবগুম ফাওই থম্মোযদা,
শগোলনা চোংলি খংচোং খংচোং,
ঐবু থাদগদবগী লাক্লবকই
অসুম অসুম,
যাম্নে ঐনা কন্না
শগোল শযাংথক্তা।

নিংথৌরেলগী শগোলদি
মমৈ গেগে লাউবনি
অঙৌবা শগোল তোংব্রা?
শগোলনা লক্কা চোংলবসু
খংচোং খংচোং
চুপলি চেজেৎ পাযদুনা
শিখাঙ খাঙনা
যানখিনি,

পং তংত্রি ফাওবদি
যান্নখিনি।

*।। নবেম্বর ২৮, ১৯৯৪ ইং।।*

# চৎপবুদি চৎলনি শোয়দনা

হাযবা ঙমদে
কৈদৌঙৈ লাক্কনি হাযবা,
লাক্তি শোযদনা লাক্কনি
ঙসি নত্রগা হযেং
হযেং নত্রগা হংচিৎ
নৎত্রগস্ নোংমা,
অদুগা হাযবগনি
"চৎলসি লাকও"
খূজেং তাপ পাযদুনা
চিংলনি।
কৌবা লাক্লবদা
শাফবা কনা
কল্লবা খূৎপাযসিদগী
নাম্থোক্তুনা চৎখিদবা ঙমগ্রবগে?
হে মীওইবগী ইতিহাস
নঙ হাযযু।

চৎপবুদি চৎলনি শোযদনা
কৌবা লাক্লবনিনা,
অদুদা
সিদগী চৎখ্রগা
কদাযদা লৈরুগনি
যূমথুংফম লৈবমগদ্রা?

চাবা থকপা ফংগদ্রা?
মসিসু অমম্বনি।

কদাইদা লৈকুগনি খঙদনা
চৎখিবা ঙাক্লি
চৎখ্রিবশিংদু।

চৎলুবগা অমুক
হন্দি হল্লকখিগদ্রা
মদুসু অমম্বনি।

সিদগী চৎকদৌবিববু
কবি তৌকুগদৌবিবনো
থুংলুগদৌবিবা লমদমদুদা থুংলুবগা,
মদুসু অমম্বনি।

হল্লক্কনি হল্লকলোই খঙদনা
কদাইদা লৈকুগদৌবি খঙদনা
কৈদৌবা চৎলিবনো খঙদনা
নোংমদি শোযদনা চৎকনি।

অদুবু
পূম্নমক অমম্বনি
পূংমম মম্বা অমম্বা।

*।। ডিসেম্বর ৫ ১৯৯৪ ইং।।*

# উপায় লৈতবা

ঐনা ফমলি
অমম্বনা ইকোয কোযশিল্লদুনা
অকিবনা পীক থল্লদুনা
মী মবকসিদা
নুংথিল পোবোপসিদা,
অদুগা
মঙলি মঙ মঙালগী
মঙলি মঙ মীওইবগী।

ইপা ইপু হাক্তক্তগী ওইবল্লবা
অচুম্বগী মশক অসিসু
হোংলক্লব্রা
চিংনবক্লে হৌজিক্তি অসুম অসুম।

নোং নুংশিৎ শিৎলকই
অখাক অবাও যাওবকই,
হুমদোকখি উচেক মহুম
হুমদোকখি যুম।
নুপী অঙাং
হনুবা হনুবী
মৈনুংদা লৌশিনলি
মৈতাল ওনলকই।

ঐখোযনা—
ইউল অসি
থাগৎহল্লকই অসুম
অইং অশা ফাওবক্তে অসুম
ৱা অমত্তা ঙাওদে অসুম।

কবিনো হাযবিবসিবু
হৌজিকপু
নুংথিল পোবোপ হাযব'মা
অমুক লৈবিব্রা
নুংথিলগা অহিংগা খেন্নদ্রবসিদা
মঙালগা অমম্বগা খেন্নদ্রবসিদা।

মঙালগী মঙ মঙনা মঙনা
খঙজিল্লক্রে মঙাল কবিনো?
অদুবু
মঙবদি তাই মঙালগী মঙ।

মী হাৎলি মীনা
নুপী হাৎলি মীনা
অঙাং হাৎলি মীনা
যুম মৈ থায মীনা।
অদুবু
মঙবদি তাই মঙ মীগী
থম্বদি তাই আশা মীদা
হঞ্জিন হঞ্জিন্না।

ঐখোযনা অসুম্না খনবা তাই

চিংখৈ ফিদুপ শুল্লকখনি,
চিংখৈ লাইবেমবী নোক্লকখিনি মোমোন,
সি নত্তনা
উপাযদি লৈতে।

*।। মে ২, ১৯৯৫ইং।।*

## হে মী

হে মী।
নঙসে ওনথোকপনি,
ঙসিদি নঙবু থাজবসু ঙমদে
থাজদবসু ঙমদে,
হুন্দোকপসু ঙমদে
লৌশিনবসু ঙমদে।
মী অমা লৈপাকলৈগী
থোৎলবী নৌববী লৈনা ওই,
অযুক্কী শিঙ্গাবৈসু ওই,
শজিবুগী কোম্বীবৈ ওইনসু শাৎলি।
মী অমনা
মযাদা মৈ ফ্রি ফ্রি কামদুনা
মীবু তান্নৈ
যোৎলগে, চাকথেক্লগে হাযনা,
অদুগা যোৎসু যোৎশিল্লি
চাকসু চাকথেকই
মী কযা মী কযানা।
মী অমনা হোৎতুনা চেল্লি
কোযচেল চেল্লি খা লাই খঙদনা।
মী অমনা চোংশিল্লি মৈনুংদা
অদুগা
চাকথেকহল্লি মশাবু মৈদা।

অঙাং হাৎলি

নুপী হাৎলি
হনুবা হাৎলি
হনুবী হাৎলি
মমাসু  হাৎলি
মপাসু হৎলি
মবাল লৈবসু হাৎলি
মবাল লৈতবসু হাৎলি
মী, নঙনা তৌদবা লৈতে
মী, নঙনা ওইদবা লৈতে
মী, নঙনা ঙমদবা লৈতে।
মীনা লাই ওই, পূজা কৎলি,
ধুপ কৎলি, থাউমৈ কৎলি।
মীনা লমগী শা ওই, হেন্না তমথী
মীদা শাবাক তম্মী।

কনানা হাযবা ঙম্বগে
মীগী ৱাবু অবোইবা।
অদুবু
অসিগুম্বা মী নঙোন্দা চঙজবক্রি
মীনা মীগী মকুম থূপ্লক্রি
মীহৌবোলদগী ঙসি ফাওবা
মীহাৎপনি হাযবা খঙনা খঙনা
মীগী মফমদা চঙজবা নত্তনা
মাগী মকুম থূপ্পা নত্তনা
কনাগী মফমদা চঙজরুগনি?
কনাগী মকুম থুপ্লুগনি?
অঙকপনি, হে, মী নঙসে।

*// জুন ১৯  ১৯৯৫ ইং//*

## অদুমক্তদা

মীহৌবোন্দগী
নঙনা নযা লাওনা কাথোক্তুনা
নযাদগী মৈবি ফ্রি ফ্রি কামথোক্তুনা
তান্নবি ঐবু
যোৎলাগ চাকথেক্লগে হাযদুনা।
অদুগা
হন্না হন্না যোৎশিনলম্মী
হন্না হন্না চাকথেক্লম্মী
মীহাৎ থীনা হাৎলম্মী
নঙনা ঐবু।

অদুমক্তদা
চেনশিল্লি ঐনা
নঙোন্দা
হোৎচিল্লি ঐনা
নঙোন্দা,
নঙনা ঐবু হন্না হন্না
তমথীনা হাৎলবসু
নঙোন্দা চঙজবক্লি,
নঙোন্দা থাজবা থমলক্লি
নঙসে তমথী হাযবসে
খঙখ্রবনি কযাবক হন্না,
খঙনা খঙনা

শাইদাংফম লৌবি
নকম থূপলি নঙগী
নঙনা ঐবু শোযদনা কনবীগনি
থাজবি ঐনা হন্না হন্না নঙবু।

*।। জুলাই ১১ ১৯৯৫ ইং।।*

# ফজবা

ফজবা হাযবসি
মৈনা লৈ ওইনা শাৎপনি
মখল মথেলগী মচু মচুদা,
মৈদা মৈনি।
মীওইবনা ঈখৌলাংঙি ফজবগী,
অদুনা
চাকথেকহল্লি মশাবু
পূমতুম তুম্না উৎকী মপৈ ওইনা,
মদুদতা পৈঞ্জে মীওইবনা।

*// জুলাই ৩ ১৯৯৬ ইং//*

# ঈপাক, হি অমসুং ঐ

ঈশিংনা নীক নীক লাউববা
পাক্লবা ঈপাক অমা,
ঈপাক অসিদা
মী পীকথন্না তোংবা
ৱাকয়ে হি অমা
লুপফেৎ লুপফেৎ তাউবি।

মশক্তি উদবা নুংশিৎনা
শাফূ কন্না কন্না শিৎলি
ঈপাকসিগী মাযকৈ মবিমক্তা
হিগী অকোযবদা।

হি অসি লূপথবকই
অসুম অসুম।
ঐ পাখৎলি
হি অসিনা অসুম
লূপথবকপসি উবগা
শোযদনা লূপখিবা তাবে খন।

ঈশিংনা নীক নীক লাউববা
পাক্লবা ঈপাক অমা,
ঈপাক অসিদা
মী পীক থন্না তোংবা

হি অমা।
ঐগী মিৎমাঙমক্তদা
হি অসি অসুম অসুম লূপথবকই
অসুম অসুম।

অদুগা
উপায লৈতা
অসুম অসুম যেংদুনা লৈ ঐনা
হি  অসিনা লূপথবকপদু।

লূপথবকলে হি অসি
খঙনা খঙনা, উনা উনা
লূপখ্রগনি
শোযদনা লূপখ্রগনি।
অদুগা
উপায লৈতা
যেংদুনা লৈ ঐনা।

মঙদসু তাইবংদসু
ইতৎ তৎতনা
উই ঐনা—
ঈশিংনা নীক নীক লাউববা
ঈপাক অমা,
ঈপাক অসিদা
মী পীক থন্না তোংলবা
হি অমা,
নীক নীক লাউনা
লুপফেৎ লুপফেৎ তাউবি।

কিজৈ ঐনা,
হি অসিনা চান্ননা লূপখ্রবদি
হি অসিদা তোংবা যাওবিবা ঐসু
লূপখিনি হিসিগা লোযননা,
অদুনা
ৰাজৈনে ঐগী থৱাযনা।

*।। ডিসেম্বর ২৫ ১৯৯৬ ইং।।*

# কুমসি কুম্না লোইশিনলকপদা

কুমসি চহীসিমসু চৎখ্রবা
থুনা যাঙনা তেনজৈমুক যাঙনা
চৎখ্রবা,
মসিদা ঐনা
মাঙদা লৈবিবা মপাল নাইদবা
ঈপাকসি
লাম্বোকপা ঙমহৌদ্রবা।
কুমসিদি শোযদনা লাম্বোক্লগে মখল্লি
পাঙবদি হেক্তা মঙমহৌদে।
অসুম্না ঙমহৌদা ঙমহৌদা
চহী কযা যামশিনখ্রে,
কুমসি চহীসিমসু ঙমহৌদনা
চৎখ্রবা।
মাঙগী মপাল নাইদবা ঈপাকসিবু
অশেংবা নত্তে,
মিৎতা পঙউ উবনি হাযনা
তবাই তবাইনা কবম্না হুন্দোক্কনি,
কযাদা পুক্লিং হূনা ফজখ্রবনো
ঐদি মসিবু নুংশি
যামনা নুংশিজৈ।

চৎখ্রিবা কুমসিদা
থরাযনা খোযদাজবা

নুংঙাইবা ঈশৈ অমত্তসু শকখিদে,
থরাযনা পামজবা
নুংঙাইবা জগোই অমত্তসু শাখিদে।
কবন্নদি শক্লুগনি
নুংঙাইবা ঈশৈ?
কবন্নদি শাকুগনি
নুংঙাইবা জগোই?
ইমানদি কপ্পুনতা লৈখি
চহী চুপ্পা।
উখিবা শক্তমদু
ফজবা শক্তম নৎখিদে
পিবাংতনা চোৎলবা মাযথোংনি।
তাখিবা ঈশৈদু
নুংঙাইবা ঈশৈ ওইখিদে
তেংথা নাওইবনি।
যেকখিবা লাইদু
ফজবা শক্তম নৎখিদে
কাহৎলবা শক্তমনি।
ফনা ফজবা লাইনি খন্না
যেকখিবনি যেকখিবদদি
অদুবু
পিবাং শীন্থবিবী নুপীগী মাযথোং
হেক্তা ওইবম্মী।
অপোকপী ইমানা
কপ্পুনতা লৈবগা
কবন্না নুংঙাইবা জগোই শাকুগনি?
কবন্না নুংঙাইবা ঈশৈ শক্লুগনি?

ইমা,
নঙদি ৱাবেদকো ওহ্বোক্লা।
নঙদি নচা কাযনখি
নপুবোইবা শেংনখি
নবুং নপ্বা শেংনখি
সিদবু কপত্রবদি
কবিদা কপকদগে?
ইমা, নঙসু কপ্পা তাবনি।

ঐসু ৱা অমত্তদি হাযনীংখিবনি
নাপ চিক্লা,
ঐগীসু অমত্তা
থম্মোযগী শেংলবা মপাউখোল অমত্তদি,
অদুবু
বা অমতসু হাযখিদে ঐ।

কুইববোই
ঙহাক্তা মঙাযবে
চীংখৈ ফিদুপ হ্নলগনি
কোবৌ নহা অঙানবা
তগুপ তবেং থোবক্লগনি
সনা মচুগী ফিজোল থোল্লদুনা
লুপা মচুগী মঙালনা ফুদোংলদুনা
অতিযা মকোয পূমঙাল ঙাল
মালেম পৃথী পূমনৌ নৌ
তগৎ তগৎ তেক।
ঙসিনা ঙবাং ওন্দুনা চৎখ্রগনি
হযেংনা ঙসি হাযনা থুংলবগনি।

ঙসিনা হযেংদা কবি পীদুনা
শিন্নবমগদৌবি?
হযেংনা কবি অনৌবা পুবক্তুনা
খুদোল তম্লগদৌবি ঙসিদা?
কবি অনৌবা পুন্সি হাপ্লদুনা
কবি অনৌবা ঈশৈ শক্তুনা
কবি অনৌবা জগোই শাদুনা
কবম্বা অনৌবা অথেলপোৎ
থেনগৎতুনা ওক্কদৌবি
অনৌবা নুমিৎপু?

খল্লুবদা পুক্লিংসে
বাখ্রেদা ওম্থোক্লা।

*।। ডিসেম্বর ২৮ ১৯৯৬ ইং।।*

## ঐগী মায়ওন

(A personal poem)

কযাম চঙশিনলক্লবগে
ঐনা চৎলকলিবসিবু
তংখায হেনজিনলক্লব্রা?
লম্বী অসিদা
উফুল রাইফুল থাংলবা
মোৎলবা খোঙ লম্বীসিদা
শিৎলিবা মনম নমথীববা
(অহানবদদি নুংশিবগুম তৌবম্মী)
নুংশিৎসিনা ঙাথু থেংদু তৌবকই
ঐগী হকচাংদা,
অঙকপনি
মতমদুদা ঐগী হকচাংসি
তেখৎতি তেখৎতনা
তেখৎপা শাবম্মী
অশাবা মৈশা পুবা
নুংশিৎতুনা থেংলবদুদা।
(মসিসু অহানবদদি ইংতক ইংতক তৌবম্মী)

চৎপদা তুংহন্না চৎপা
হৈনদে ঐদি,
অদুনা চৎতে খক
তুং হন্না ঐ।

চৎলি ঐনা লেপ্পা লৈতনা
মাঙলোমদদা যেংদুনা,
নৌনা থোবকপা নুমিৎকী মবেপকা
ঐগী মিৎযেংগী মবেপকা
ৰাংবা মান্ননা
ঙক থাঙ্গৎতুনা
মাঙলোমদা তান্না
মিৎ থমদুনা
খোঙ থাংজিল্লি
মাঙলোমদদা।

ঐগী শোল্লবা হকচাংনা
শোবো শোবো
চিংদুনা চোকথববসু
তুবা হৌগৎলা
হৌগৎলা তুবা
তৌববসু
পুক্নিংদদি কযাদা কল্লিবা
মাঙলোমদা খোঙ থাংজিনবদুদা।

শাংলবা লম্বীসি চৎলকলিবসিদা
কবিদি ফংলে
খূৎনা পাযশিনবা যাবা
তকশি শোনবা নত্তনা?
অসি ওইবেকো হে মীওইবা
অসুক শাংনা চৎলকপগী মহয হাযববু?
শেৎলিবা ইফি ইবোন্না
অসুম মনশিনলকপা

অসুম ইশে শেগাযবকপা,
উফুল হৌববা লম্বী লমশাং
চৎলকপগী
ইকোক ইকসিসু উফুল রাইফুল ঙাক্তা,
শাংনা খোঙনা চৎলকপগী
ইখোঙ অসিসু
ইপোক পোকথোকপা,
চুপ্পা থাংবা ঙমশিনলক্তবা,
হকচাংসিসু চেঙ খৈবঙম
পংনীত্তা নীকলকপা,
কুইনা হাৎপিবক্তবগী
ইশম অসিসু
ইফা ফাবা।
কবিনো তৌবিবা পূম্নমকসিবু?
অদুবু নোংমতসু নীংহন্নবদে
মায়ঙনসি হোংলগে খল্লুদে,
নৌনা খোবকপা নুমিৎবা মাযযোক্লনা
চঙশিল্লি মাঙ লোমদদা।
খোঙচৎ অসি তোকথোক্লগে
নীংলুদে খক,
খোঙ থাংজিল্লি ঐনা
মাঙলোমদদা
শোল্লবা হকচাংসি পুদুনা
খোঙ অসিনা
শোবো শোবো চিংলদুনা
তুবোই ঙামলোই তৌনা
হাইবং তুবং।

ঙসিদি
ইখঙ খঙহৌদনা
খংতন তম্থবকই,
মাযওনসি তমথীববা মাযওন অমদা
হোংলসিবা?
পৃথ্বীগী যাঙলবা খোঙজেনবুসু
খংলেপ লেপহনবা ঙম্বা,
পূন্নমক লেঙবা ওৎপা ঙমহন্দবা
মাযওন অমদা।
ফনবনি হাযদুনা
ঐনা তৌজক্‌বা পূন্নমক
অবেম্বা তাববা,
কান্নদবা অমাঙবা লোইনা
ওইববা,
তৌবিবসিবু
কবি মতৌ কৌবগে?
অদুনদি
মাঙলোমদা যেংলম্বদু তোকথোক্লগা
তুংলোমদা তুংহন্না হনলগে হাযবিব্রা?
কুইনা শেৎলক্লবা ফুবিৎ খোঙগ্রাউসি
পোৎলূম ওইববে ঙসিদি যাম্না লূম্বা,
লোইনা হুক্তোক্লগা হুন্দোক্লম্লসিবা
ঐবু?

নুমিৎ তাবমদাই ওইবে হৌজিক্তি
তাবমদাই নুমিৎপু
নোংচুপ চীংদোন্না
উমগদবগী তৌববিনি,

খোঙ খূৎ শৎ তিংথোক্তুনা
মাঙগী নাপী মথকসিদা
ফমদুনা লৈথোক্লসিবা
অফ ফত্ত
অমাঙ অতোং
কবিমত্তা খন্দনা।

নুমিৎসিনা অসুক শিথবক্লিবসি
কবিগীনো?

স্বব ফূইনা হোনলকই
নিংদোন চোংলকই
পুক্লিংদা ইপা পাখৎলকই
খল্লু খল্লুবগা
পুক্লিংসি ইবাঙ লাঙঙি।

*।। এপ্রিল ২৯ ১৯৯৭ ইং।।*

# মোমবাতি অমগী মৈচাক

মশা মনুংদগী থোকচবকপা
মৈবিনা চাকথেল্লুনা
তেনশিঞ্জবক্লবা মোমবাতি মতেক অমনা
হন্না অমুক্তং মশাদা
যেংশিনলুবগা
কথাম কুইনা ঙানখিগদগে
খন্তবকই স্বব যূইনা হোন্দোক্লুনা।
ফ্রে ফ্রে হাইনা
চাকথেকলি দোসিসু
লেপ্পা লৈতনা।
মৈবিগী অকোযবদা
নোংলৈ নুংশিৎ,
মুৎশি মুৎশি
মূৎত্রিদা থোক্লা
মৈবি।

।।মে ১ ১৯৯৭ ইং।।

# বাসুদেব লাকখিনি

কুরুক্ষেত্রগী লালজাওদি লোইখ্রে,
ইপুধৌ ভীষ্মদি তেনগী ফমুংদা
বাসুদেববু ঙাইবি পাল্লুবা লালফমগী
তাল্লবা মচি অমদা, অহাঙবা থম্মোযবু কোল্লদুনা
অমম্বা মবক্তা।

হৌজিক কুরুক্ষেত্রগী লালজাও লোইদ্রি,
হৌজিক ভীষ্ম,
পিতামহ ভীষ্ম শিদ্রি
বাসুদেববু ঙাইবি খৌবাংনা
বাসুদেব লাকখিনি
শোযদনা লাকখিনি।

*।। মে ২৫ ১৯৯৭ ইং ।।*



## শ্রীবীরেন্‌গী ফোঙলবা লাইবিকশিং

১। **লৈচিল্লক্কী থাজ** (রাবীমচা, ১৯৬৭)
২। **তোল্লবা শা-দুগী রাখল** (শৈবেং, ১৯৭০)
৩। **হল্লকপা** (লীলামচা, ১৯৭৩)
৪। **মসিনা ইম্ফালগী রারীনি** (শৈবেং, ১৯৭৮)
৫। **মপাল নাইদবসিদা ঐ** (শৈবেং, ১৯৮৯)
৬। **মী শুম্নবা কোল্লু** (রাবীমচা, ১৯৯৫)
৭। **সনাগী কৈবাক** (শৈবেং, ২০০১)

**সনাগী কৈবাক** — শ্রীবীবেনগী মবিশুবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। পূন্না শৈবেং নিফুমবি (৪৫) যাওবি। ইং কুমজা ১৯৮৯ দগী ১৯৯৭ ফাওবগী মনুংদা ইবা শৈবেংশিংনি। কবি সম্মেলন কযাদা পাখ্রবা অমদি চেফোং কযাদা ফোঙখ্রবা কযাসু যাওবি। অদুবু লাইবিক ওইনদি খক পুথোকাখ্রদ্রবা শৈবেংশিংনি।

**মমল ঃ লুপা ৫০**